# অয়ুক্কি মণিমুক্তা

রাজকুমার ব্রোজেন্দ্রো

ফোঙদোকপা:
রাজকুমার সনাতোম্বা —
, কালিদাসকী রঘুবংশ-লচিংবগী মহৈরা

# অয়ুক্কি মণিমুক্তা

রাজকুমার ব্রোজেন্দ্রো

ফোঙদোকপা
রাজকুমার সনাতোম্বা —
জীবন মুক্তি, কালিদাসকী রঘুবংশ-নচিংবগী অইবা

# অমুকী মনিমুক্তা

রাজকুমার ব্রোজেন্দ্রো ১৯৭৫




থৌ[illegible]লাকপা

রাজকুমার [illegible]াতোম্বা সিংহ

অহানবা ইণ্ডিয়াদা নমবা, ১৯৭৫

কপী মশীং ৫০০

ছাপা তৌফমঃ—

ডি মনিপুর কো-ওপরেটিভ পব্লিশিং সোসাইটি

লিমিটেড পাওনা রোড, ইম্ফাল

# রাহৌদোক

> "The work of the pure poetry in this sense of pure poetry consists in the conscious and deliberate construction, upon a theme in itself utterly indifferent, of a musical pattern of words which gives delight.'
>
> —J. Middleton Murry

ইশাগী চপ-চাবা শকতম ভুরি অম পায়হনা য়েকনবা হোৎনসি। মসি কৈদৌনুংদসু ওইথোকলোই মরমদি মমি হায়বসিগী শকলোন কয়ামুক লৈবগে হায়বহু, কবোকৈগী মচু লেপ্পা ওমদবগুম্না, কনানসু হায়বা ওমলোই; অমরোমদা অরোইবা রাকম অহু মসিনা ওইদ্রে। অমুকসু মুমিৎ পোরকপা মতমদা অগাওবা মকম অমদা লেপ্তুনা ইশাবু য়েংনবা হোৎনসি এথোয়না উগনি, প্রকৃতিগী ফজবা, ইশাগী হকচাং কয়াংশিং; অসিদসু নংওনা অরা-মুংওাই রাখল কয়া কয়া নোং-থাংগী মতৌওম মরী মরী চেনশীনলক্কনি। অহুবু উরিবা অহনা অহাওবা অহু মেনশিনবা ওল্লবরা হায়বসি, পুক্নিং চংনা খনথরুরবদি, মওদা পায়রম্বা মনিগুম থোককনি।

অসিগুমবা মেনশিনবদা রানা থোকলবা অহাওবা অসি করিনো? মী কয়ান মশাগী পুনশি রারী ইরমবা, মশাগী শকফম য়েক্রমবা থেংনরে। তশেংবদি পূন্নমক অসি, মশেন মরাংবা অহুদগী মহাক্না লোয়নজরকপা মগুন, অভ্যাস অমসুং সভ্যতানা মপূং ফাহনহুনা, মমি অমথককী অরেপ্পা শকতম অম্লমথক খল্লপা কোংদোকপনি। মশেন মরাংবা হায়বসি পুকনিংগী ফিবম অমনি; মসি লাকসিনূনবা হোৎনবদা ওমজ্রকসু হুদুদা হসিহু চোপনিংওাই

লৈতে। হায়বদি, মসিস্থ খুদুম চনশিনবা ভুমগ্রবদি মহাক অদু মীওইবগী মপোকত পোক্লবস্থ থাকতি ঐখোয়গী নত্রে। মথুং ফাওনা উবা, মতম চুপপদা ঈংথবা কা-হেন্নদবা হায়বা চেন্নবদা রানা থোক্লবা ভুর্নাশিং অসিগী মপু ওইদুনা ঐখোয়না ঈশ্বরগী শকতি হায়না খঙনরিবা অদুগী মায়কৈদা লৈখে। মাসন্থ মায়থীবা পীবা হায়বসি অপিকপা অমস্থুং অরায়বা থবক নংতে; য়াম্না কন্না হোৎনবা তাই। অদুবু, রাফয় অসিগী মতুংইন্না অরাবদি, নাকল অমরোমদা খুং অনি চদুনা শিংবা লাক্লিকৈদা অমরোমদা খঙোং-অমরোমদা খুং অনি চদুনা শিংবা লাক্লিকৈদা অমরোমদা খঙোং-দদা নীংথায়রক্কনি। মসিদা লানখোংনবদা পুনশি চুপনা পোং-দনা নীংথায়রক্কনি। মসিদা লানখোংনবদা পুনশি চুপনা পোং-থাবা ফংলোই। মরম অসিনা অতোপ্পা খুং অমস্থুং ঐখোয়না ফংনবা হোৎনবা তাই অসিগুমবা খুং অদুদি ভশোং ভশোনা থাজবা লৈবা নত্রগা পুকনিং লুপনা থাজবা (sincerity) লৈবা হায়বসিনি। ঐখোয়না ইশা ইশামকনা চংলীগা শাজং অদু তশোং তশোংহনগদবনি। এরিষ্টোটলগী লোন্দাদা হায়বগা কেরেকতর হায়বসি 'true to human nature, true to its[illegible]lf, consistent' ওইগদবনি (poetics XV character 3-4)।

মতৌ অস্থুম্না তশোং তশোংনা শাজং অসি থমমোইদা পানশিন-গে হায়না খল্লবদি করম্না ইশাগী শকতমবু য়েক্কনি! ঐখোয়না উবা ফংলিবা অ গী মথৈ ঐখোয়গী মাইথোং অসি থাপতে কথি— ইশাগী ইমিবু মিংশেলদা য়েংলগা উবা ফংই, অক্লবা লাইজদস্থ ময়েক শেংনা তাই: অদুবু নীংশিংনবা হোৎনৈ। মশাগী মায়থোং

অতু য়েকপা তারবদি মহাক্না নীংশিংতুনা নত্রগা ময়েক শেংবা মমিবু য়েংহনা য়েকপা তাই। শম্মা হায়রবদা, মহাক্না মশাগী শকত্তমবু চিনকা পুবা ঙমনবা হোৎনগদবনি। তে ইগুম্বস্তুং পূম্নমক অসিদা মস্তুং হুনজিনবা অমস্তুং হকথেংনবা হয়বত্থু কৈদৌঙৈদস্থু, উপায় অমতনা ঐখোয়না ফংবা ঙমদে। মসিগী রাকম অসি, শোক্পা ফাওবা ঙমব হকচাংগা, কৈদৌঙৈদস্থু হুংখাইবা ঙমদবা মমিগী শকক্তমগা অানি অসি অমতা ওংনা লৌশীনবগী রাক্তমনি। করিনা হায়রবু, শকক্তম অতু ঙইহাককী মথৈ নীংশিংতুনা লৈরমলবস্থু, মী অতুগী মকোয়বদা লৈরিবা পোংশংগী শাকু, অমগুং মতাক মশামক্কী রাখলগী মঙকানদা চিকুপ খরগী মস্তুংদা ঙমুক মাঙখীগনি। করিগুম্বা পুক্লিং অসিবু গীতাদা হায়বগুমতুনা বিন্দু অমদা পূংশীনবা ঙমলবদি, থরগী মথৈদি মসিগী মংক্তো থুম্নাং চাওশিনবা ফংগনি। অতুবু হেনূনা ময়েক লানা হায়বা তারবদি মশাগী লেঙ ওংপা, রা চাংবা মতমদা ওইবা মশাগী চিবম শমস্তুং র খলগী মমি মায়থোংদা তানিবা অতুবু মপূং ফানা খঙবা ঙমলবা কনাগুমবা নিপা নিপী লৈরবদি, মখোয় অফাওবা দ্রামাগী নত্রগা সিনেমাগী একতর নত্রগা একত্রেস ওইখিবদি য়াত্ত হৌইগুম্বস্তুং মশাবু মশাক খঙজরব হায়বদুনি থক ওইরোত্ত ঐখোয়না ফংনবা তালশিবস্থু মতুনি।

হৌভক, অসিগুম্বা মশে--মরাংবা অসিগী মস্তুংদা লৈরিবা আত্মা অসি কারিনো হায়বা খঙনবা হোৎনরবদি, ইচম-চমনা হেকতা থুমবা য়াই, মসি উবা ঙমদবা পোৎশকতুনি। মসিগী হেক এন্ন তৈনবদা, উবা ঙমদবা পোৎশক অসিদগী তাইবংপানগী করম্বা অর্থ অমা অমুক

লৈখিগনি, লেংলি-পাংলিবগী করমবা অথুপপা রহস্য ফংবিগনি সংসার অসিমক করি ওন্থরমগনি হায়বস্তু কনানসু হায়বা ঙমলোই। অসিগুম্বা অথুপপা, উব ঙমদবা, অহাঙবা ঈথক অসিগী মতেংনা মশেল-মরাংবা অতু নমন্থনবা ঐথোয়না থবক পায়খৎকদবনি। অসিগুম্বা মশক মওং নাইদবা, উবসু ঙমদবা অহাঙবা অসিবু খুৎয়েক পুথোককে, পূন্নমক্কা উহনগে হায়তুনা তেমশীংলিবা অথোবা নিপা অতু কনানো ?

ইশাগী শকতম মপূং ফানা পুথোকপা ঙমদ্রিবৈদা, মসিবু মীয়ামদা খঙহনব ঙমদ্রিবৈদা মখোয়গী শকতমবু য়েক্কনি হায়তুনা খল্লুরিবা রাখলগী হৌরকফম অসি য়াম্না লিরে। য়ামজ্রবদা মৈহৌ-রোলগী চংথত্রিবা মীওইবা কনাগী মকোকতা অসিগুমবা রাখল অসিনা চঙলকপা তুমিং অতুদগী মতুদি মহাককা লোয়নরিবা মীশক অদুন ঙসি হাংপা শা অতু মহাকনা ঙরাং হাংপা অতুদগী ফঙ্গবা নত্রগা চাউবা হেল্লি নৎত্রগা মহাক অসি মঙোন্দগী রাংই নৎত্রগা নেমই অসিনচিংবা অমসুং মহাক্কা উরুবা থেংনরুবশিং অতুগী মূর্ত্তি অতু, মশামকনা খঙজদনা লৈমাইদা নৎত্রগা ককলাংদা খোৎপদগী মাননবা মশক অমা লৌরকতুনা, মতুনা উরুবা অতৈগী মক্কমদা অঙকপা অমা পোকহললকপা অতুদগী হৌনা; শম্না হায়রবদা মহাক্কী কোক্তা থেন্নবগী রাখল অমা চঙকপা মিকুপ অত্তদগী অসুমমক মসি মপুং ফাগ্রবনি। ফোংদোকমবা হোৎনবদা থাঙ্গৈশেংবা মশক অতু রাখল অমদগী অমদা মওং হোংথিন্নুনা, মসিদা অনি অতুগী মামবা শকতম অতু উবা ফংলবসু, শেমগৎপগী থৌনা অমসুং শোয়ফদবা অতু থোরকই। মরম অসিনা মমাংঙৈদা কবিশিংবু

**মেকর (makaris Q. E) হায়না কৌনরুমলিবা অসিনি।**

হানূনগী রাফম তশেং তশেংনা থাজবা হায়বসি করিনো, মসি করমনা ফংগনি ? অহৌবমকতদা মসিগী মিংকক্ অসি য়াম্না চনৈননা পোককনি, মরমদি ইরায় লায়না ফোংদোকপা য়াবা রাফম অমবু শাথেক-খুৎথেক লৈনা থনজিলগুরবা •ৎত্রগা ফোংদোকনবা হোৎনরু বা তারবদি, ইচং চমজবা থম্মোইগী মকারাম্বা মাইথোং অহু অয়ুক্কী নোংহৌনা কুপথীগনি নৎত্রগা পূম্নমক অসি কাননদবনি হায়না লৌখিবা য়াই। পুক্কিংনা থাজবগা লোয়ননা, মপানগী ওইবা পোৎশক পুম্নমকপু মীওইবগী কাথবা ওমদবা অনিংবগী মায়োক্কী ভাংগাগী ওইনা কাউ-থোকপা ওমহুনা মপান্ নাইদবা অহাওবা ওমদা খুরৌ থংদবা মশাক মশাগী ওইবা রাখল পুম্নমককা লোয়ননা হিংবা ওমগা মতমদা, মীওইবগী চপ চাবা অয়ৌবী থাককী ময়েক শেংলবা মতৌ অহু উবা ফংই। অমুকতং মী অহুশা মশাগী ফিবমদা চপ চানা হনজিনবা ওমজবদি, মহুনা মহাক্কী হিংবগী থৌশিল খুদিংমমগী লৈফম অমসুং লৌশিংগী পুককৈ ওইনা থমগদবনি। লৈফম অহুদগী মকত্রবা মচু অহু মহাক্কী মওং মতৌ অমসুং শাজৎতা তৈশিনবা ওমলবা মতমদা মরুননাইগী ওইব শকতি, বুদ্ধি অমসুং অরাংবা রাখল অহু পোয়কই। মপাংগল লৌনা হাপকৎপ আত্মা অহুগী পুনশি অমসুং থবক অহু মজম অসিদা তশেং তশেংবা ফিবমগী থাক য়ৌরকই। মী কয়া লৈ; মখোয় অহুনা মশাগী অনিংবা অহুগী মায়োকতা খৎনা লিংবা ওমদনা অহুমক থবক তৌই। ফৎতবনি খৎলবা পোৎশক অহু মতৌমতা পোকচরকপা অপাম-বগী কা-হেন্দবা মতৌনা পুনশিনখিহুনা অতৈ অতোপ্পা লমচৎ অনা মাল্ল-কৈ অমুক থিরুদনা, মশাগী, ওইবা শাজৎ অহুনা নমহৎপিহুনা অজবা

মথুম কাহ্নবা। 'OEDIPUS TYRANNOS' দা oedipus অহু নমশিনহনা থমই অমসুং মাগী অরেপ্পা মতৌ অহুনা মহাক্কী পুনশি অহুগী মশক লেপ্পী। মসি ওননা তৈনবা শাক্তংকী থুদম অমনি। অহুবু মীওইবগী লৌনশা ওইনা মশাগী অনিংবগী মাইয়োকতা ওননা-তৈনবা শাক্তং চংলা মীশিংগী মশীংনা হেমদা মবমনা, মশানা মশাবু মীনমক্তবা রাখলগা থবককা চাননা পাঙথোকপ', অশেংবা শাক্তং চংপা শমনা হায়বরদা তশেং তশেংবা হায়বা লমচৎ অসিগী ময়োল অমা লৌগৎনবগী মখা পোনবা মীওইশিং মথেয়াগী য়াইফনবগী দমক্তা দরকার ওইরকলিবা অসি'। মতাং অসিদা scopenhaur গী 'will less knowledge' হায়বা ভিনন্নশ অহু নীংশিংবা য়াই অমসুং অকফনবা মীশিংগী মরক্তা মগুন অসি লৈবগী তঙাই ফদবা অহুসু অসুমমক লৈ। তশেং তশেংবা অমসুং থাজবগী লমচৎ অসি কংননব গীদমক্তা ঐখোয়না লৌশিংদা ( pure knowledge ) তানগদবনি।

মতৌ অসুম্না মীওইবগী অশেংবা শকওংদা মশাগী অনিংবা অমসুং লমচৎ, শাক্তং অনিগী অকনবা লানথেং মবকতা, মশাগী চুমদবা অনীংবনা শুমহৎলহুনা চোইজাইননা মাঙখীবা অসি য়াম্না তোয়না লেংলৈ। মরম অসিনা ঐখোয়না থৌশাদবা মীওই থম্না প মই। যথেয়না মশানা পামজবা পনথুংফম অহু তানূনবা হোৎনবদ, ফরিঙুম্বা পোৎশক অমতদগী য়ৈপাদ্ধ-লিংগাইবা কংলোইদবনি অমসুং সমাজগী থৌশাদবগী ওনূন-তৈনবদা মশাগী অমদি মীয়ামগী ওইবা মতৌ অহু মরা চেৎনা লিংখৎনবা হোৎনগদবনি। ইচাই চাইথাইনা লৈরিবা রাখল খনবা ভগ্নবগী পাম্বৈ; শকত্তি অসিবু মায়কৈ অমদা পুল্লপনা থমবা ভমগ্রবদি, মী অহুগী মশাদা মশাগী লোয়নজরকপা নত্রগা

পীথোরকলবা মগুন, হৈ-শিংবা, মহৌশাগী ওইবা অমসুং মহাক্কী রাখল অহুগী তশেং তশেংবা মমি অহু ময়েক লানা ভানথোকপা হৌরকলগনি। শমনা হায়রবদা মহাক রাফম অহুগী ময়মদা মপূং ফানা পুক্রিং লপ্লবা মীশক অমা ওইরক্কনি।

মপাংগল কল্লবা রাখলগী মঙালগা থম্মোইবু শেংদোকনবা কোৎনবদা, মীওইবনা পুন্সিগী অশেংবা মশক অহু থঙগদবনি। মসিগী অহৌবা থাকতগী হৌজিক ফাওবদা ওল্লকলিবা মশকশিং অসি য়েংলুরগা থম্মোইদা তপথদবা অমা য়াম্না কননা পোকলকই। মসি মীগী হৈনবীনি, ভাইহাক্কী ওইনা মহাক্কা পুনশিগী মথাও অসিগী অচম্বা মতৌদা পেনথোকপা ঙমলবস্থ, মহুনা লোইশ্রবা অমসুং তুমগ্রবা মতমদদি মসিগী ওননা-তৈনবা থীরব', মুরবা, থারবা শরুক অহু নীংশিংলকই। মহুনা ঐখোয়গী থবকশিংবু হৌজিক ওইহললি অমসুং মহুগী মথংদা শেংদোকপা অমসুং থাদোকপগী থবক ৮৫থৈ। অশেংবমক, ভাইবংপান অসি পাক-চাউরবা ট্রেজেডি অমনি। কমবাকতা উৎলিবা পুনশিগী কমেডিদি ভ'ইরাককীনি; অয়ুক্কী নোংহৌনি, মকে শেমলিবী, অভনবা পুনশিগী তাংথকতা ঈরোয়রিবী মৌ নহানি, চাকথেক্কদো-রবা বল্ব অরোয়বা মিকুপকী খোললাওনি।

পুনসি অসিগী মহুৎশিনজিবদি ট্রেজেডিনি রাহৈ অমগী মমুংদা লৈবা মহাসাগর খোললবা নিংশা সোরগী মমলবা পাক-চাউরবা শকতমনি অসিগুম্বা নোংলৈ অসিগী মরকতা হৌজিকতি ঐখোয়না ইশানা ইশাবু, মফম খঙদনা কায়নগ্রবা লোয়নরকপা মীশককুম থিবা তাই। শরুক কয়া পুথোকপা তাই, মচেৎ কয়া শাগৎতুনা

'OEDIPUS TYRANNOS'

মা মশাবু থিবগুম ময়মদি ইমান- মানুবা পোৎশক অতুদি মত্তনা পোৎশক ওইরম্মী অমস্তুং থাজদবা অদুডনা ঐখোয়গী মাঙদ্যা চোং- থোকতুনানা লৈরম্মী। থৌদোক কয়ানা মপূমগী মশক অসি স্কোংদবনি।

মপূম হায়বসি অনি শুদে, অমমগী হেনবা থক য়াদে, মকম তোয়না হোংলবস্থু, মশক তোয়না ওল্লবস্থু মপূমদি মপূম ওইহুনা লৈ। মসিগী খেন্নবা শকতমশিং অহুদি মতুমক নংতে, শরুক'ন অমস্তুং শরুক অহুনা মচেৎ কয়া অমা অমুক শাগৎপনি। শরুক কয়ানা পূনশীল্লগা মচেৎ অমা শেমগৎপদা ঐখোয়না মতুবু মপূম ওইনা উরুবগী য়ানি; মরমদি মচেৎকী মনুংদগ্ন মশাগী আত্মাঅম'দ অস্থম লৈজে। অনি হায়বা মশীং অসি তঙখায় নত্রগা শরুক মচেৎ কয়ানা ওইহনবা য়াবগুম, মরিগীদি শরুক অমনি। অহানবণী অসি অহৌবমকতদা মপূম অমা ওইনা উরবস্থু থিজিল্লুরবদি শুপ্নগী শরুক অমথকতমক ওইরম্মী। মরি অসিস্থু তককিদি শরুক অমনি অম ং অনিগীদি মচেৎ অমা- ওইয়ে। মতৌ অস্থুম্না অনি, অহুম, মরি, মঙা পূম্নমক অসিনা শরুককী মচেৎ অমস্তুং মচেৎকী শরুক ওইরমহুনা, মমৈথংদা অপূনবা অহুগী শরুক নত্রগা মচেৎ ত্তাক্ত ওইরম্মী। ময়ম অসিনা মপূম হায়বসি অরেপ্পা লৈতে; মশক লাকপা ভমদে; অকক্কনবা লৈতে। অদুবু মশকতি *মথক্তনি। Alexander pope কী য়াহৈবু লৌথোকপা তারবদা মগাক্কা অস্থুম্না গায়রম্মী 'our failure to see the perfection of the whole is due to our limited vision'. মসি ঐখোয়গী খুংতা লৈত্রবস্থু ইনাকত্তদি মতম পূম্নমক্কা লৈ। করিগুম্ব মতমদা কা কেননা মশক উৎপকপা

অমসুং করিগুম্বদনা ময়েক শেংক্লাংতনা উবা নংত্রগা শুকউ উখিদবতনি। মসিগী কানূনকমদি, ঐখোয়না হিংবদা চংগদবা মচাক অমু ইখৃংতা কম্না য়াম্না লৈয়বগে হায়বসি খঙনবগীদমক্তনি। ঐগী য়াখলদদি, হিংলিবা অসি থৌদোকশিং অসিগী মমিনি থোকলিবা মুম্বিংকী মতুং-ইন্না চাউথোকপা নংত্রগা পীকশিনবা। মমি অসিবু পাম্বশিনবগুবা থম্বা ঐখোয়গী ইথৌনি।

হোৎজিক, অশেংবা লৌশিংগী কূপশীনবা মশক অমু খঙলবসু খঙত্রবসু, য়াখল খনবা ঙমবগী ফীজং মক্কমদা শকউবা, খবকশিংগী চুপলি পায়রিবা করিগুম্বা শকতি অমথক লৈ। মতুদি কলপনা হায়ব-সিনি। মীওইবগী লেপতনা চাওখৎলকসিবা য়াখলগী মশক্না অঙকপা ফংনা থাক য়াংলকলবসু, অসিগুম্বা মওংদা ওইথোকতবা পোৎশিংবু উনিংবা, লৈতববু লৈ হায়না লৌবা, লৈববু লৈতে হায়না খনবা ঙমবা, অসিগুম্বা মওংদা ওইথোকতবা পোৎশিংবু উনিংবা, মতুবু ফংনিংবা অমসুং মহাক্না ওইরিবা ফীবম অমুদগীসু হেন্না য়াংবা, হেন্না চাওখৎপা পামবা অমসুং পুকনিংগী শকলোন পূম্নমক্কী অয়েপ্পা ঙমখৈ অমা তানবা পামবা হায়বা অসিদি খক থাদোকপা ঙমদে — শম্না হায়রবদা, মহাক্না কল্পনা য়াওদনা হিংবা ঙমদে। ঐখোয়না ভাবনা শাক্করিবা পূম্নমক অমুনা করিগুম্বা ক্ষোংদোচকলুবদা চানবা মশক লৌরগা মরীক চূম্লম্-লবদি, মীওইবশিংগী অপাম্বা অমসুং হৈনবী অমু ওইখি। অতোপপা মায়কৈ অমদগী য়েংলুরবদি মসিগী মশক অসি অমুমনা লেপপা য়াই।

পরিং চুম্না, য়ৈখাই থিংগাইবা লৈতনা চেনথরকলিবা মীওইবগী য়াখলগী ঈচেলবু করিগুম্বা শকতি নত্রগাপোৎশক অমনা মরকতা অপনবা পীরুরবদি মসি খুদক্তা ঈচেল অমুগী মওং মরীন নাইবা হোং-

দোকখি; তুরেল ময়ায়দা থিংগৎলকপা নুংদা ঈশিংনা ভাপু-শেংখুবগা লোইননা ঈহল েোকহনবগুম, মসিসু মিকুপঅহুদা মশাগী মনুং ফাওনা ওমবগী পাঙ্গল অহু চাং .য়ংলুবদগী, মহাক্কী হকচাংগী থোরাং অহু মফম খঙদনা কঙাওনখি না, অপনবা পীরিবা অহুগী অকোয়বদা হুননা হুননা য়েৎশিনহুনা, মহুগ লোইনহৌবা অমসুং মতম খরগী য়ুমথুংফম ওংহুনা লৈ। মসি করিগুম্বা মিংশেলগী মতুম অমবু কল্লবা নুংগী ফকলাংদা থাজিনবা মতমদা ইচোই-চোইনা কায়হুনা ফকলাংগী মমাংদা শনদেক্কা ভাবা অ.গুমবনি। অসিগুম্বা কঙাওনবা অসি পুক্কিংগী ইহুল অহুগী কান্নগনবা মশকপু উৎপা নৎতে তৌইগুমবসুং অমরোমদা তাংদাংবা হায়বহু খঙবা অমসুং লেপ্প পামবগী মগুন কোংদোকনা উৎপনি। কল্লনা হায়বসি য়াম্না খঙনৌংগনবা, খাইদগী শেংফাৎতবা ঈংগিৎ অমসুং চপ চান. থম্মোইবু চিংশিনবা ওমবা, অশেংবা থম্মোই চেনবা (sensitive) মীশক্কী মফমদদি অচুম্বা অমনি। মহাক্কা মসিগী মতেংনা মশাগী হৌরম .খোরমদা অমমমতা ওইনা পানশিনহুনা, অরূম অয়াং ওনখোকই, খেন্না মাননবগী চাং লৌখোকই ওইখোকপা অমসুং ওইখোকতবগী মায়কৈ পুমবা লেপপী অমসুং চানব অহুৎক খল্লগা, অতৈ কানুনদবা মচাক পুমবা থাপনা লংখোকখিহুনা, অশেংবা শক্তম অহু শাগৎপদা শীক্কিন্নে। মতাং অসিদা মহাক্কী শেমজীন শাজিনবগী অমসুং মূর্তি শাগৎপগী অশেংবা শকতম অহু মশক তাকলকই।

তৌইগুম্বসুং রাকম অসিগী খুদোংথিবা নাকল্ অহুদি মসিনি মহুদি, কল্পনা হায়বসি কৈদৌঙৈদসু ময়েক শেংদে — হায়বদি, মসিগী মপানথোক্পী ওইবা অচুম্বগা মনুংগী থাজৈশেংবা অচুম্বা অহুগা অনি জাস লেন্নাই হুমতদা পুল্লপ্পা অমুকতদা লৈমিনুনয়মবা হায়বসি,

মসিগী হৌয়কপা থাক অতুদগী য়েংলুরবদি, কংবা থরা রানা থোকই। মরমদি মসি অহানবমকতদা পুকনিংগী ঈহৌ ( emotion ) না থল্লি অমস্তুং মতুগী ঈপক্লা থরা নেমথরকলবা মতমদা রাকম অহু কা হেমনা থাংগৈশেংবা ওইবা রাংপা অমস্তুং ওইথোকপদা য়াবা নত্রগা য়াম্নমক মশক থোকতবা মশক অমা লৌরকই। রাথল থন্বগী ঈচেল অসি কয়িগুম্বা অরেপ্প' নাইদবা পনথুং অমনা মশক লেপগী সংসারগী অমস্তুং পুনশি অসিদা থোকলিবা থোদোক-রাথোক, মী অমগী নোংমগী পুনশিদা পাওথোকপা থবকশিং — অমরোমদা হায়রগা, রাথলগী পোৎথোক ওইনা থোরকপা রারোই অসি মতম পুম্নমক্তা অমগা অমগা মরী লৈনৈ। মীওইবনা হোৎনরিবা থবক খুদিংমক মরী লৈনবতা নৎতনা মপানথোংগী ওইবা তাইবংপান অসিগস্থ মরী লৈনৈ— মসি মতম পুম্নমকত প্রমান তৌবা য়াবা ওইগদৌবনি। ঐথোক্ন-না উরিবা থবক অতুনা মসি প্রমান তৌই, মসিগী অচুম্বা অহু ফোংদোকই। মপুং ফাবা কল্পনাগী পরিংদি অসুম্না থুৎশীনগী মতেং নস্তনা অচুমবা অহু ফোংদোকপদা লায়না থোকদৌবনি। মসি অহাওবা, মনিং মথা তমবা অমস্তুং মমল য়াওদবা খুদোল অমসু ওইরাক্রে অমস্তুং মসিগী মরুগী মরুদা লেঙক্রবা পুকনিংগী ঈহৌ অহু মতম পুম্নমক্তা লোৎচুনা অমস্তুং মায়পুন থানতুনা লৈ। মসিবু মপান-থোংগী শকতনা মীওইবগী পুকনিংদা থওডান ডানথোকচনবা ওম্বা স্থইটচ অমা নমলুংদা থওডান ডাঙলকপা ইলেকত্রিক থাউমৈগুম, মতম অহুদা কল্পনাগী মঙুংদা থুপতুনা লৈরমলিবা পুকনিংগী ঈহৌ অহুগী মশক অহু তরুং তরুংনা ফোংদোকলকই অমস্তুং কল্পনাগী মতেংনা কংবা লুংওাইবগী অরাংবা থাক অহু মতাং অসিদা শকতম চুপপী।

T. S. Eliot না মাগী 'objective correlative' কী থিওরীবু তাকপা মতমদা মসিবু কলাগী শকতমদা পুকনিংগী ঈহৌবু কোংদোকনবগী অমতা ঙাম্নবা লম্বীনি হায়। "The only way of expressing emotion in the form of art is by finding an objective correlative; in other words, a set of objects, situation, a chain of events which shall be the formula of that particular emotion". পীরিবা কোরম্মুলা অসি অসিগুম্বা মওংদা ওইগদৌবনি মহুদি, ইন্দ্রিগী ওইবা চংয়েংনা ফংগদৌবা, মপানথোংগী ওইবা অচুম্বা অহু, পীরবা মতমদা, পুক্নিংগী ঈহৌ অহু খুদকতা হৌগৎহনবা ঙম্বা।

কলাগী পোৎথোক খুদিংমকতা মসিগী মফম লৈ। মরমদি কল্পনা অমস্তুং পুক্নিংগী ঈহৌ হায়বসি পোৎথাবদা ফংবা মুংঙাইবগী মশকনি। কলাগী পোৎথাক খুদিংমক্তা কলাকারগী মশক তাকপা থবকশিং অসিগী হৌরককমদা পুকনিংদা তাংথক নাইদনা হৌরকপা ঈহৌগী মূর্তিনা চিঙলেমনা ঙানুথোইরি। অশেংবা কলাকার অমগী সংসারদি পুকনিং অমম্তুং থম্মোইগী সংসারনি অমস্তুং মহুদি মহৌশাগী ওইবা পোৎশিং অসিনা য়োৌবা, তামবা ফংবা ঙমদে।

মায়কৈ অসোমদগী য়েংলুরবদি, মসিতনা মপুং ওইনা লৈরবা কবিশিংগীদমক্তদি করি অমুক হায়রুগনি! মহাক্না মসিদগী নানুথোক্লবা হোৎনরবস্তু, মহু হায়রিবা মনুংগী অমস্তুং মপানগী ওইবা তোঙানতোঙানবা, হায়রিবা কিবম অনি অসিদা মতম চপ্পদা থঙদোক থঙজীন্ ভোম্না লৈ। মসিগী মনুংগী অথুপ্পদি, হৌজিক্ এখোয়গী সমাজ অসিদা মসিগী মফম লৈত্রে হায়না লৌরবস্তু, এখোয়দি, হৌজিক

মসিগা লানৃথোংনরিবনি ।

মতৌ অসুম্না, মতমন' পীরকপা খোঙথাংগী মঙালগী মতুং ইন্না ঐখোয়না হৌজিক তোপ তোপ্না কা তাগী শকতম অমা উবা ফংই — মসিদ কোংদোকনিংলিবা খম্মোয়গী রাকম অদুগী অকোইবদা হৌথরবা কবিতাগী নিয়মনা মখোঙ পুনশিন্দুনা থক থমদে। য়োংচাবী অমবু মহুমক্কি হায়না প্রধান তৌনবগীদমক্তা য়োং মকুপ অমা অনি চংই; তৌইগুম্বসুং মহগী অকোয়বদ য়োংকুপ কিল্লো অমাথম্বগী কার কান্নবা লৈবগে। মখোয়শিং অসিগী মমা মপা হৌথ্রবা মতমন হায়বা য়াই, অদুবু অশেংবদি মখোয় অসি অয়োকপ মচানি ।

অদুম ওইনমক, ঐখোয়না হৌজিক ফাওবা খাইদগী রাংবা অমসুং মতোল লোম্বা কবিতাগী মীৎয়েং অদু ফংবদি নৰ্তাত্র গৌথিবা মোডেলশিং অদু হনুনা হনুনা পাকলকপগা লোয়নবা অনৌবা কয়াসু শেমগৎখিবা তারি। কবিতা হায়বসিদি — পুকনিংগী ঈথৌবু লৌশিল-লবসু নংত্রগা থাদোকলবসু, মতমনা পীবা অশেংবা কলাগী অচুম্বা পোংথোক অমনি। মীওইবগী পুনশিনা ট্রেজিক ওইবা হেলল ক্লবমথৈ নীংথিজবা শৈরেংগী কানুনদবা মচাকশিং অদু ময়েক লাবা, তশেং তশেংবা, মদুগী তৌশিনুনবা মতৌ অমসুং পাক চাউনা লম কোন্বগী মতৌ অদু মাইক্রোসকোপকী মীৎয়েং অমনা উরকখিনি অমসুং শোয়দনা মাঙলকখিনি; মদুগী মহুৎতা খাইদগী শুমহৎপা ঙমবা অচুমবা শকতম অমা পীবগী মতম অদু ওইরক্লনি ।

মসি, আইডিয়েলগী মহুৎশিন্দুনা উৎথোকপনি। পোং অমগী হৌরকপা অমসুং অরোয়বা হায়বশি আইডিয়েল অদুগী অমরোমদা

মশামক্না পীবা মপূং ফারবা, মশেন-মরাংদবা খ্বাইদগী হেন্না রাংবা ঙমথৈ অনৌনি; অহিনক অমনা অংগী ফংনবগী লম্বী (means) অমসুং ফলবা (ends) হায়বদু ওই অমসুং মসিদগী আইডিয়েল থোরকই। শুপ্নলপা, খ্বাইদগী মুংঙাইবদগী অমসুং খ্বাইদগী রাবদগী মসি থোরকই; মসি মীওইবগী পুংশিগা, মরী লৈনবা পোৎশক অমনি অমসুং মসিবু পুথোক্নুনা উৎলিবা পুকনিং অদুগী মুংলোনদা লৌরকপা শকওং অদুদা আইডিয়েলনা পুংশিবু মশক ফাকই। মরিং অসিগী মনুংদা থনদোক থনাজন তৌবা হায়বসি মশানা তাবা রাফম অমনি, মরমদি পোৎ অমগী হৌরকপা অমসুং অরোইবা অনি অসিগী মরকতা অচুম্বা হায়বসি লৈ। অচুম্বা হায়বসিদগী আইডিয়েল থোরকই। Newman গী মতুংইন্না, "He (the poet) selects, combines, refines, colours — in fact poetizes. His facts are nolonger actual but ideal — a tale founded on facts is a tale generalised from facts."

মীওইবগী থম্মোইদা অচুম্বা অসি মতোমতা লেপচবা ঙমদে। অদুনা আমবাগুম্বনা ওঙনা মওং হোংদোক হোংজিন তৌই। মশক লেপ্পা ঙমদ্রবা মওং কয়া অসিগী মরকতা অচুম্বা হায়বা অসিনা অশেংবা কলাগী মনুংদা তরুং তরংনা, ময়েক শেংনা ঙানদুনা লৈ। Walter Allen গী মতুং ইন্না, "Pure art of any kind has its dangers; it may degenerate into — an over preoccupation with techniques at the exposure of the human quality of the content. It tends always

to the abstract, and to the distortion of the reality of the artists' material for the sake of the pattern imposed upon it." কবিগী মকমদদি অসিগুম্বা শরাইবা নমুনাগী শাকু অসিনা অচুম্বা মশক অদুবু মাংহনবা থক ওমদে। অচুম্বা অদু ফংলবতদা মাওঙইবগী থম্মোয়দা হায়রুম খঙজবা মুংঙাইবা অদু পীবা ওমই, মঙাল অদু ফাই, অতোপ্পা সংসার অমদা তাউহনা লৈবা ওমই।

কবিশিংনা পীরিবা অপেনবা অসি মখোয়গী অনি শুবা ঞ্জান (unconscious mind) অদুগা য়াম্না মরী লৈনৈ। আইডিয়াশিংনা পুনশীল্লগা রাখলগী মশক লেপলবদি, অশেংবা লৌশিং (pure knowledge) হায়বসি রাখলগী চাংয়েং অমনি। ঐখোরগী লৌশিংবু মপানথোংগী তাইবংপান অসিদা পানশিনবা ওমলিবা রাখল অসিবু মনিং মথা তম্বা পীরবা মতমদা অশেংবা কলাগী মশক থোরকই।

শ্রীরাজকুমার ব্রোজেনড্রো সিংহ

য়াইবম
১৯৭৪

## লোইশিন-বা

মথক্কী মীৎয়েং অসিগী মতুংইন্না য়েংলবদি, খংগৎলিবা শৈরেংশিং অসিগা অনি অসিগী মরকতা সমুদ্রগী থাপ-লম থেন্নবা অমা লৈবা তাবনি। অদুবু শৈরেংশিং অসি ফোঙদোকপগী মরু অমা ওইখিবদি মনিপুর সরকারগী ইডুকেশন ডিপার্টমেন্টনি। ১৯৭২ দা মতিক চাবা উৎসাহ পীবিখিবদগী, মসি ফোঙদোকপা তাখিবনি। থুদোংচাদবা কয়ানা

মতম কুইনা নমশিন্নুনা থমলুরবা মভুংদা, হৌজিকতি মুমিং মঙাল উগদৌরে। মসিদা ঐনা মরু ওইনা থাগৎচনিংবদি ঐগী মুংশিজরবা মরূপশিং, শ্রীসলাম হেমচন্দ্র সিংহ, শ্রীকোনজেংবম কুমারজিৎ সিংহ, শ্রীলাইশ্রম মেমো সিংহ অমস্নুং শ্রীঅয়েকপম নবকুমার সিংহনি। মতম কুইনগী ওইনা লমন্ তোল্লগদবা মীওইশিংদি, কো-ওপরেতিভ প্রেসকী ইচিন ইনাওশিংনি। মসিগী মথক্তা Edn. Dept. Govt. of Manipur দি মফমদা থোইদোক্লা তৌবিমল থগবা উৎচরি।

শ্রীরাজকুমার ব্রোজেন্দ্রো সিংহ

মাইবম
১১।৯।৭৫

য়াকায়বা

ঈরৈপাক

কংহনবীয়ু

অপোকপা !

নঙগীনিনে ইমা —

পীৰিয়ু !

ঙানফমদা !!

কচ্চবা !!

নশাইগোন্দা!

# অয়ুক্কি মণিমুক্তা

## ঈরৈপাক

দেবতাশিংগীলক্কা অথোয়বা
কুচু ভৌরবা হিমালয়না,
খুবাং চাংঙ্গৌ'নিবু শন্দোক্তুনা
অরাং মাঙ্গৈকৈপুম্ববু ঙাক্লিদৈ,
উদয়গিরি নাপোমদা য়াত্তারুবা কোরৌনা
মাবু লৈতেংলবা মতমতুদা লংঙ্গবা মশেক্কা
মী'পুম্বগী থম্মোইগী অমম্ববু কোকহল্লিবা
খাগী থমগোন মালংবনা বসন্তগী মতমদা
হৈবাং-হৈনম, লৈরাং-লৈনম, কুহু খোঞ্জেল ঈরোয়ননা
মখোঙখাদা খৌগল্লববা মাবু লাক্তুনা
উবদা পাপ কোক্লিবা মীওইবগী,
মফম অদু ঈরৈপাক্কি ঐথোয়গী ॥

সমুদ্রশিংগী সমুদ্র ওইরিবী
ভারত মহাসাগর ঈপাক্কা

মুংশিবা ঈশৈ শক্তুনা,
নিতিগী থৌগল্লিবা মাবু
খুয়াথা অনিবু শেংজহনা
লৈহাও চেলহল্লবা মফম অছুদা
মীওইবগী থম্মোই লম্পাক খিৰিকপু
পুন্যগী ভূমি ওইহল্লিবা
মিংয়েং কয়াদগী তামনা উরবা
অপেনবগী লোইবা নাইদ্রবা
প্রকৃতিনা মাবু থৌগল্লিবা,
মফম অছু ঈরৈপাক্কি ঐখোয়গী ॥

অরিবনা লৈরোল শেম্লবা
'মনু'দগী হৌবনা লেপ্তুনা
চৎনা লুপক্তিন শেম্লক্লিবা,
মোইবুং খোঞ্জেলনা নিনখিবা পাঞ্চজন্য কৃষ্ণগী,
গাণ্ডিব লিরুং খিঙবদা
দোলায়গী চাকানা তকপদা
ঈগী ঈরম ফাংখিবা
ঋষি 'থোইবা বেদ লেংবা ব্যাসনা,
থম্নাইদবা রসনা থল্লবা অমৃতগী রাহৈনা
লেঙদ্রবা মহাভারতপু শেমগ্রবা
অমৃত মপৈবু চুপচবা খোইমু ওইরিবা মীওইবনা,
লৈরিবা মফম অছু ঈরৈপাক্কি ঐখোয়গী ॥

ঈপাক্কুদা খেন্নবা রাখল ঈতিন্দ্রবা
হন্থনা য়েংবা মিৎয়েংবু
হিংসাগী নোংলৈবু তাকপদা,
পোকখিবা থৌনা ফবা কয়ানা
রাখল লামায় ফাক্কুনা
মাংদা থাপ্পা য়েংলগা
তৌওমদ্রবা কর্ম্ম পাওহনা
থরাই চেক্লাবু মনিংতম্না
থম্মোই পোন্দগী থাদোকখিবা
শিংলি তুথুপ থুদিংদা
মখোয়গী ঈবু চেল্লিবা, মীওইবনা লৈরিবা,
মফম অদু ঈরৈপাক্কি ঐখোয়গী॥

মাংগী রাখল পরিংবু ইন্দুনা
তাইবংদা লাইবক্কী মতাংলবু লংখৎহল্লম্বা
অচুম্বা নিতিগী লম্চেল্দা
অহিংসা ধর্ম্মগী থোংবু
'হে রাম' মিংথৈনা পান্থে ওইহল্লম্বা,
'রাম রাজ্য' ঈপাক্তগী
য়াইফ ঈচেল থাইহনা
থম্মোই থুদিংদা থুংলায় য়াওদনা
মাহুপাকপা ফংহনা তম্বিরম্লবা
পুন্সিবু মশক তাকপীরম্লবা
মীওইবা খিবিক্লা লৈরিবা,
মফম অদু ঈরৈপাক্কি ঐখোয়গী॥

---

# ফংহনবায়ু

জমবু দ্বীপ অসিগী
মচা কোটিবু থাক্লিবী,
নাওয়োক নাওকোল্লিবী লৈম-ঙ।
মাইকৈ তরা, শুংদাই মাপল
উই নঙগী শক্তমতমক
য়েংঙু য়েংঙুবা খুদিংদা।
'জননি জন্মভুমি'
শকথিবা মহাক্না
কাউরবরা মখোয়না?
বঙ্গপারী রবিন্দ্রনা
শোল্লমই নঙবু 'নোংদম্বিনি.'
অহুবু! নোংদম্ববু চৈরিবয়া মখোয়না?
অচৌ পিশকী রাঙাং কয়ানা নিল্লিবসে
নঙগী কয়থা লিলামো?
ইমা নঙসে মীয়াম্বসিগী মুক্তিনি।
হিমালয়শু লৈকম হোংদ্রি,
গঙ্গা, যমুনা ঈচেল লেপত্রি,
ফুংশিনবগী ঈচেলদি
লেপ্লবরা মখোয়গী?
পুকচেল চেংপগা মকম

হোংলবরা মখোয়গী ?
নত্তে , নহাক্কি হোংদবিনি ।
ইথৌলাংবা থম্মোইনদি
হংলি তত্তনা
কৈদৌঙৈ কংগদবা
নহাক্কি খুয়াখা'হুদং
অহিংগী অমম্বসি
ঙাম্লনবা মতুনা ।

---

## অপোকপা !

বাপু ! জাতিবু পোকপীবা—
মীনম্মাংনা কুপ্লবা তাইবংদগী
চৎখরে নঙদি নাম্ঠোক্কুনা ।
চুথংপিরম্লে নীংতম' মৈরা ।
থাজরম্বা শান্তিগী উপাল—
শান্তি·········! কদায় ? কদায়দা ?
হিংসাগী কল্লবা মৈরক্তা
অশান্তিনা লাকহৎলবা মীওইবা,
মুক্তিগী লম্বীনা কয়াম থাপ্লিবা ।

## নঙগীনিনে ইমা—

শৈরেং শৈরাংবা
শৈমিং উনবা নারানা
থম্মোইগী লৈরাং থরদং
নঙগীনিনে ইমা কচ্ছবা।
গরিবনিৱাজ মহারাজ স্না হাক্কু'
পুয়া কয়া উং ওইখিবা
মাইচৌশিংগী মিৎকি পিরাংনা
লৈমায়থক্কা তাখিবদা,
ইমা নঙনা করম থাওখিবা!
চহি তরেং পুম্ভাংবৈ—
মৈতৈনা!
মখোয়না ফংখিবা অন্নাবা?
পিরাংনা চোৎলবা মায়থোংশিংবু
করম থাওহনা য়েংখিবা ইমানা!
অহৌবা বিজাতিগী মথুঙ,
অরাবা মৈচাক্কা নোংমদোন মমখিৎ
মৈতৈশিংগী ফিজম;
নাংনা গুপ্না মৈতৈনা
মীখা পোনবা হুইগুম রানা লেনখিবা।
নৌরবা থম্মোইনা ইমা নহাক্তি

করম খাঙখিবা !
হৌজিক্তি হে ইমা !
য়াইফব' মুমিং থোরক্লে
অয়াব' অহিং হৌখ্রে ;
লৈমন্ চল্লবা নাচোম্
অনৌবা শিঙ্গেল লৈরাংনা হোংলসি
চৈরে নমথাংপুম্বা,
ইমা নঙগী মোংলবা
লৈজরে অনৌবা চৈরে ।
ঙসি বসন্তগী অয়ুক্তা
মচাশিংগী থম্মোই মন্দিরদা ভাল্লসি ।

---

## পীরিয়ু !

তাবে নংগী নগুন,
নংগী অরাবা য়ারী ;
নংগী মুংঙাইনা য়ারী ;
অয়া অনাগী কুম্লক্তা
ভাইবং লৈশাৎ তম্লক্লবা—!
মথংগী মপোক্লকমু নঙোন্দ',
নংগীদদা তিঙ্জগে ঐচাক
নহাক্তিদমক হিংগে পুনশি
পাক্লবা ভাইবংদা নংগী
শান্ত পাঙ্গল তাঙ্গগে ।

# লানফমদা !!

চোংথোক্লো থোরক্লো
হে পাঙ্গনবা।
অয়াবগু কোকপীবা !
লাইয়বশিংগী মরুপলোয় !
শিংহল্লবরবা উবদা
কল্লবা লাঞ্জাওসে !
পুনশিগী লানফম
নিংতম্বগী লানফম
খংউ নিংশিংউ……
নপুনশিগী লানফমদি
শোক্লো নদোম।

নপাংলক্কা তিল্লুবো
নিংতম্বগী লানফমদা;

চংশিল্লো কল্লমবা
পুনশিগী মপু-বু'
নিংজল্লিবা মহাক্কি
অহেনবস্তু লৈতবনি।

চংলমহুনা 'থল্লায়
লানফমসিদা চঙলগা
চংখো লুংজাইনা
মালং লমদমদা;
হোৎনজমনগী মিংচৎতি,
মুংলয়োই তাইবংদগী।

---

# কঙ্চবা !!

হে ইমা অপোকপি !

কৈশি কৈখোনবস্থ হৈজদে,
চৎচেনস্থ লাপ্পা ওমজদে,
তেল্লবা খোং অনিনা।

থাপক্রে ইমা নং'মক্ষিরদি !

নংগী শক্তমস্থ লাপক্রে
কোলোয় য়ারাস্থ তামক্রে;
লৈতেং'খৈদি ভাল্লি অমম্বদা।

ক্ষংচেনিংই নংগী খুয়াদা ইমা !

লৈরাংশিং লাম'ক্ষংবা খুংনা;
মতিক্কগা চাদবনে পোলাংনা
লৈনাদা উফুলস্থ পক্লেদো।

খুজোক থন্দবা লৈরাংসে।

থন্দোক্রবা পামজবা লৈরাংশিং,
থম্মোইগী অশেংবা খুদোলশিং,
কৌবিয়ুকো নহাক্রা খুথেংননা।

---

# অয়ুক্কি লাইশোন

নঙতমক লৈবীয়ু

খেন্নবা অহু তাকপীয়ু ॥

তাকপীয়ু লম্বী অহু ।

শাগৎপীয়ু মপুং ফানা ।

মতাঙ অহুম

নহাক্কী ওইহল্লু মতম চুপ্পা

অরোইব' মিকুপ

---

# মঙতমক নৈবীয়ু

মিংয়েংগী মাইকৈদা নৈরিবা
হে শকখঙদবা ইবুংঙো !
মসিমদি ঐগী থম্মোইনা,
হায়রি ভজনা হায়রি,
খোঙথাং খোঙথাং চুদীংদা—
নংনি বিষ্ণু, শিব,
যিশু, আল্লাহ, কালি……
মাল্লানা পূনবা তাইবং
নঙাক্লগী মশেক তোঙাল্লিবা ;
চম্মহল্লে ঐখোয়বু মঙাকহল্লনা।
হে শকখঙদবা ইবুংঙো।
মঙতমক নৈবিয়ু লেঙদনা
ঐগী থম্মোই লকাইংদা
'ঐ' মশক খঙজনবা !

— — —

## খেন্নবা অহু তাকপীয়ু ।।

বিষ্ণু নারায়ন

নংগী ওইদা.

মিশেংবি নারায়নী !

—নত্রগা

কৃষ্ণ গোপাল

নংগী ওইদা,

নিংথৌজবী রাধা !

অপাম্ব ফুংমিলক্তা

শান্নরিবা তাইবং মিলা

শোম্বিরিবা মিলা কম্বাক

মপুং ফানা তাইবংদা

শক্লোন হাংবা.........;

হুংশিবন থল্লবা,

অপাম্বনা জাওরবদা

খেন্নবা অহু তাকপীয়ু ।

---

# তাকপীয়ু লম্বী অদু !

তাইবংপান অসিদা
কনানো অয়েশ্না ?
সংসার অসিদা
হোংদ্রবা ?
নওস্থ ঐস্থ
লোইনমক
লুংঙাই য়াইফ'
কনাস্থ লৈতে
লৈহৌগদবা !
ওয়মক লাক্লিবনি
লোইশিন্নবগী,
হনখিনবা
মতম' য়ৌবগা।
হে। তাইবংগী মপু-ও ;
পিনবীয়ু লম্বী অদু
লমথুংকস্থ য়োগদবা।

---

অয়ুকি মনিমুক্তা—১৪

# শাগৎপীয়ু মপুং ফানা !

মীওইবগী থম্মোই মন্দিরগুংদা
লাৎনরি নঙবু
হে জগৎকি মপু-ও !
নহাক্কী লৈকোলগী লৈরাং
...        ...        ...
কয়া য়ানা থাঙজিবা ।
লৈরাং লৈনমদ ফং
লৈশক্তি উদা !
মগুনবু শৈথাজহনা
শক্লরি ঈশৈ কয়া !
পুনশিগী মপুং ফাত্রিবা
য়াখলশিংসে
পম্মুংফম ওইবা নহাক্কা
মপুং ফাত্রিবা শঙ্গাইগুম
শাগৎপীয়ু মপুং ফানা ।

# মঙাল অহুম

(১)

হে ! যণ শেনবা !

নহাক্কী নৌথ্র’ মায়থোংনা,

শুম্ফংলে ঐবু ;

মতম চুম্মা উরে,

বাঁশী থোংই হায়নবা শক্তম ।

নহাক্কী শক্তমসে—

অমম্বা ওইনা

রাখলগী ঈপাক্তা

তিনথ্রসঙ্ পূনথ্রসঙু ;

খোম্বা কৈত্রবা থম্মোইগী থাঙবদা

কুপখিসঙ্ অপূনবদা ;

হংজুম্বা শক্লোনবু !

(২)

উগী কারন্দা

নোংলৈ মাঝোক্লনা,

অকিবা কাওদনা ,

তুম্মীবা অথোবা

হুংশিবা অপাম্বা, কনাগী কনা ?

নহাক্কী শক্তম্মা রাখলগী ঈপাকপু,

চোইজাইনহল্লে ঈয়মথোক ;
নহাক পূনশ্রো, রাখলদা তিনশ্রো।
মতম' খোঙচত্তা ধর্ম্মগী ঈকুত্তা,
নহাকী শিক্ষা —
তিন্নখিসনু দিক্ষা।

(৩)

মূত্তি লৈতবা হে মপা!
নঙগী লাইশোন, পাউতাক কয়ানা
তপাথহল্লে ঐবু!
চোইনা তাহল্লে পুক্লিং অসে।
মপুং ফাহন্নু অপুনবগী মঙলানসে।
তোথাই তাবা
তাইবংদা য়েংথিনবা—
মখোয়গী মীনোক ;
হিংসা অহিংসা পুন্নমকী চৈথেংদগী
মুক্তি ফংনবা।

---

# নহাক্কী ওইহল্লু মতম চুপ্পা

পুনশিগী থোঙাংগী খুদিংদা
য়াখলগী য়াওল পুম্নমক্তা,
য়েংলু য়েংলু মায়কৈদা মিৎয়েংবী,
খল্লুবা য়াখল অপুম্বদা
নঙতমক উই, নঙতমক উই।
শকলু শকলুবা ঈশৈশিং
ঙাংলু-ঙাংলুবা ৱাঙাংশিং
মুংঙাই খনবা কয়াস্তু,
শাক্লিবা অনৌবা মতমদস্তু
হৌথীবা অরিবা মতমদস্তু
লোইবা নাইত্রবা শুম্বদা
পেনবা লৈত্রবা শেক্লোলদা,
তাবীয়ু নঙগী নাকোংনা
লৌবীয়ু নহাক্কা মুংশিনা,
মঙগীদমক্কি খনথীবা পুমশিদা
নহাক্কী ওইহল্লু মতম চুপ্পদা॥

# অরোইবা মিকুপ

হে পুক্নিং! নীংশিংঙু—
নপাম্ন কমস্তু ভামহৌয়ে
অরোইবা বিদাইস্তু লৌহৌরে।
নমা নপা কায়নবনি
নুংশিরবীস্তু থাদোক্লম্নবনি।
অশুকপা বন্নুং লাল্লক্লবা,
অরা-অনা নংলক্লবা।
তৌইগুম্বস্তং মিকুপসিদি লৈমহৌরবা—
অরোইবনি পুনশিগী অমোইবা!
কদায়নো অরেপ্পা মফমনা?
পুনশিগী মইহৈরা অসিনা?

হিংলিবা লম্বী
ঐখোয়গী মঙ
নোংথাং
মতম'দিদা
য়োয়বদা পন্থুংকম
মঙকাওনবা
অশাওবা
পুন্নমক্তগী অহেনবা
কায়নবা
সমাজগী পুনশি

ঈরৈ

শেংদে'ক্লবা পুনশি
ফজবগী ভাবুকনি ঐখোয়
ভবলাদা শরু অমা
লম্বী
মাইথিরবা লাম্মী
মিৎয়েং অমা
অমম্বদা
কায়নবনা কৌবা
লেপ্লবা পুকচেল
অয়োইবা

---

# হিংলিবা লম্বী

অরাং মেরুদগী
খা মেরু ফাওবগী –
খুদোং থীরবা লম্বীদা
চৎলম্মী ঐনা অমম্বদা ;
শারবা বিষুবরেখা ফাওহুনা
পাক্লবা সাগর লান্দুনা……,
—— অরা ঈপাক লান্দুনা……।

যাত্রিকনি ঐহাক লম্বীসিগী !
মেরুগী ৱোরিলিদগী
ট্রোপিক্কি রাক্লিংদা ,
— উকুল মরিক্কি ঈপাক্তগী
মহাসাগরগী ঈপাক ফাওবদা
চৎলম্মী ঐহাক্না
—অরা অনা পুহুনা

য়েংলবদি মিংনা,
পৃথিবীগী শমখৈদা
উগনি কোইরক কোইবা হোরাইজন।
হৌপ্রবা মতমবু য়েংলবদি,

উগনি মখল কয়াগী মচুশিং !
লোইথ্রবা পুনশিবু থিব্রবদি
—ফংগনি, অমম্বা······!

লম্মী অসিদা,
চৎলম্মী ঐহাক্না
শোলংলি-শোলংলি;
তুরোই-হায়োই—
পেরালাইশিংসবা নার' মীগুম
লেউথম শাওমদবা
লম্মী অসিদা মওম হৈশান শান্দনা
পুক্নিংভুক য়াওদ্র' হকচাংবু
অকাউবনা নম্বাংপগুম,
'কাউবগী লৈরোন চনথ্রবা
হৌথ্রবা লম্মী লমদাওবু
নীংশিংলম্মী হৌথ্রবা খোংচৎপু ;
লম্মী'সিদা চৎনা চৎনা—
'খোয়গীমু চাউব্রবা লম্মী অমদি লৈজরম্মী।

———

# ঐখোয়গী মঙ

ঐখোয় মীয়াম পূন্নমক্তা
মঙজয়ক্লিবনি মঙ অসি ;
মতম কয়া কয়াদগী ॥
ঈরোম্মুংগী মণি অসিনা,
কৈদোঙৈ তাইবংদা মঙালবু
শরা শন্না ঙাল্লগবা ?
নখোয় ঐখোয় তূমলুই
মিকপ থোক্তমখৈ নুংঙায়না !
অয়া অনা কাউহ্নুনা।
খঙলে তশেংনা ঙসিদি
তূম্লিবৈদা হৌখীবা মতম।
মাঙখিবা ইশাগী ইয়াল।
উনা অমা লৈঙবস্তু
চাওখৎপগী ওইরু' মতমসিদা
মঙসিগী অর্থ খঙলবনি ঐখোয়না।
ঐখোয়পুম্বা চিংথদনা ·
মঙকাওনহ্নুনা জ্ঞান ঙানবগী
হোৎনবগী মতমহু য়োয়বনি হৌজিক্তি।



# নোংথাং

কৈদৌঙৈনো, কৈদৌঙৈ!

'মঙ্গা থম্মোইগী মরায়দা
নঙনা লৈনা জগোয়রগদবা?

অকনবা নোংলৈনা
লৌখি থম্মোইগী অচুম্বা।
ওল্লমদে থিংগদবা অমাঙবা;

ফীজঙনি অথাবা
'মুবা নোং মপৈগী
কুপখিবা থম্মোই অতিয়া।

লাকউ খঙঙমদবা—
মরোল মপৈ অচু
ফাওহনা অঙানবা মফমদা!

লেপতুনা লৈয়ু!
অপোম্ব লৈগী মথক্তা।
পীয়ু থম্মোইদা অইংবা।

শান্নহল্লু ঐবু,
ভাইবং সংসারগী রাংমদা—
অহাংবগী ওমথৈ লৈতবা।

কল্পনাগী সংসারদা
পুক্নিংগী অরাঙবা দোলাইনা
য়ৌসি মফম খুদিংমক।

পুন্নকপদা ঈচেল,
ভাইবং মরু' ময়াইদা
খিকথৌ নোং ওইনা।
ওইয়ু চৈস্ন
অয়াংবা চীংদোন লোম্বদা
য়াখল পন্থুং য়োবদা।
শিন্থা পায়বদা,
থম্মোইগী অমম্বা কোক্লবা
ওইয়ু য়াখল নোংথাং।

## মতম'সিদা

অমুনবা হৈবোং মন্থুংদা
পীক্ল' তুমীং মপৈনা
খুন্নপাক অমা লিংলবস্নু
সংসার মশক খঙদবগুম ;
চীংগোয়ন্নুং অসিদা তুমিন্না
বক্রুগী শাগৈ মৈতৈনা
কনা' খঙদ' লৈরম্বা—
অতুম্বা কয়া কয়ানা
মিকপ থোক্লন্নক্লবা মতম'সিদা
মিকপ থোক্লবা ঐখোয়স্ন
শিন্থা পায়রসি হৌজিক্তি ;
নিংথম কাম্ব খাহনা।

# য়োরবদা পম্থুংকম

লেপ্লরে স্বর্গগী থোংজিন্দা
নংগী শক্তমম্থ উরে,
অপ্সরা নওগী অত্রপুরদা ।

ঐগী নিংজবম্থ নওনি
তাল্লিবা পম্থুংম্থ নওনি
নহাক ঐগী পুনশিনি ।

নং ঐগী
মুংশি পম্থুংদা
শেমথিবা মখোয়গী লাং—

ওসিদি মখোয় ওয়া
লৈহৌরগনি ;
উদ্রবা সমদমদা তূমিন্না ।

নিংজবনা কনখিবনা
তাওনে শকহেল্লবী !
খাঙলক্লবনি অম্থক কুইবসি য়ানা ।

নিংতম্লবা য়াখল ফিজংদা
মমি তারি মুংশিবগী ;
কুইরবগী তুংদা পম্থুংকম য়োরবদা ।

---

## মঙফাওনবা

লুংশি মঙলান্দা তাবদা
রাখল ঈচেল কাংথিবা।
য়াংমা কায়ম্বা মৈয়ীস্থ
মতমগী খোঙচত্তা মুখয়রুবদা
তাকথি ঈপাকথক্কী কোঙোলস্থ॥

পুনশি পরিংদা হৌরবা,
মিৎয়েং অমদৈ থোকথি
য়ারী কয়া অচাইবা।
থৌদোক কয়া থোক্লিবা—
অশেংবা অয়ানবা কয়া'মস্থ॥

জিবপুম্বগী থম্মোই' মপুনা
শেম্মি পৃথিবী, শেম্মি জগৎ
মীওইবস্থ শেমথি ব্রহ্মানা।
কান্নি লৌশিংগী কৈয়াক
মপুং ফাহল্লি পুনশিবু॥

তুমথুল্লিরৈ হয়াও লুংঙাইলক্তা
করিগুম্বা মিকপ থোক্লকুবা
থল্লি য়াখল ইপোম হৌনা;
মঙলুবা মঙবু মতম' তাংথক্তা
মঙফাওনথি মহুদদা মঙলান॥

# অশাওবা

অশাওবা ঈচাওবা থ্ৰুবা,
নিংথৌগী য়াথংনা
লায়রবগী যুম অমা
মৈ থাদোক্লম্মী মনাইশিংনা।
য়ুম অদুগী মনাক্তা
চংলম্মী সাধু অমথক।
মাইথোংদা মীয়াই চনবগী
ফাওরি ময়ি খরা,
চিনবান্দা মোমোন মিনোক্লা
মূনা মথ্ৰা মিত্তাঙরি।
ইমুং অদুগী মী মখৈ
মপান্দা কপ্লা লাউনরম্মী।
সাধু অদু ঙপ্লা চংলকই,
হংলমই, 'করম চাক্লিবনো ?'
খঙলমই পাওখুমদৈ
অশাওবগী পাঙ্গলনি।
উরম্মী মহাক্লা
মৈরী মৈখ্ৰুলক্লা মূর্ত্তিমা ;
য়েংবদা অকিবগী মশক্লি।
নিংঙায়দনা লোক্লুনা,
কয়মই খোংজাই তাহুনা।

সাধু অমনা হৌংলমই,
'নঙ কম্মানো?'
মূর্ত্তিদুনা খুম্লক্লমই,
'ঐবো। উম, ঐ অশাওবনি।'
—'নঙ মফমসিদা কৈদৌরিবনো?'
—'রাখল লাকপা ঙমদবা,
'মীওইবগী ঈ চুপ্লিবনি।'
—'হয়ে, নঙ চংলো,
মফম অসি থাদোক্তু না?'
—'করিগী? ঐ চংলোই।'
—'অত্তে মফম অসিবু,
চংলোনে থাদোক্তু না থুনমক।'
অনিমক 'চংলু'গা চংলোই'গা
'মগা 'মগা লাওথংনরক্লমই।
অশাও পরৈনা পুল্লবা,
মূর্ত্তিদুনা লৌখত্তু না থারক্লমই
মনাক্তগী মৈবুল অমা সাধুদুদা।
মকি-মরোল মৈনা রায়রম্মী মহাক্কী;
মদুবু তপ্পা মুথত্তু না,
অমুক্তা হায়রম্মী শাওদনা,
'চংলো নহাক!'
মূর্ত্তিনা মৈরা মৈবুলসু পায়খিজে!
মিংয়েংগী রাংমদৈসু লানখ্রে।

---

# পূম্নমক্কী অহেনবা

ঙাইহাকি, ওইবা
মুংঙাইরবা মতমচুদা,
শাংকায়রবা খাজলগী
লৈহি চুপ্লিবা
খোইমুচুনা খল্লি—
ঐঙম মুংঙাইবা
কনা লৈরিগবা !
মতমচুদা লাকখি
অকনবা মুংশিংকি
শচুম অমা,
নোম-নোম ;
কিচুনা পাইখোকখি
খোইমু অচু ।

# কায়নবা

লাক্লবদা অরোয়বনা মুংঙাইবগী
হে মিৎকি মিং ! নঙস্থ লেপ্লো
লেপ্লো মতম চুপ্লগী !
কায়রবা হোজংগী মনাক্কুদা লেপ্পুনা
শকখিবা নঙগী ঐগী ব্রারী কল্পা,
মকমন্থদা থল্লবা মুংঙাইবনা !
ওইগ্রবস্থ অয়োয়বা—
ওয়রোই; হায়ররোই পুয়মক,
মিত্তগী পিতনা·········তাখিবা।
শেমখিবা মিলন ইরোং কয়াপী
থুমগ্রবনি লাইজ্জ ঈচেল অক্তুনা
তাইবং অসি মুংঙাইবগী।
ব্রারবরা নহাক
ইথোঁলাংবনা ?
ব্রারবদি, মুংঙাইহল্লু নঙনা ঐহাকপু।
ময়াই কাবনা ওইহনখিদে ঐবু অঙাওবা,
অঙাওবনি ঐদি নহাক্কী মুংশিবগী
তাইবংপান অসিদ মুংশি থঙক্রবা।
নোক্লরবস্থ মতিক চাদে, মখোব্লনা
মুংশিক্লবদগী নঙবু !
শাওখিদে কৈদৌনুং শাওররোই থম্মোব্লনা
নহাক্না পেন্দবনা ব্রাহন্নুব্রবস্থ ঐবু
কায়নবগী মতম ব্রোয়ক্লবদা
শকপা ওম্বতদি পীমৌ ঈশৈচ্চু ঐবু।

অমুরি মনিমুক্তা—৩০

# সমাজগী পুনশি

অমা অনিবগী হৌরকই পুনশি
সমাজগী পাক্লবা লমজাওদা
কল্লি থওখিদে ঐহাক্না।
চংকদবা লেপ্তুনা চংখি
কনাবুম্ন ডাইদনা
কনাবুম্ন খিদনা।
পুনশি হৌখি অসুম
লেপ্পা নাইদ' খোংতত্তা
হৌখি পুনশি লেপ্তুনা।
শাইনা হুম্না চত্তুনা,
পুনশি পন্‌বান্‌ নেত্তুনা,
লাওখি খোংখি ঐহাক্না।
পুনশিগী চাক্লিবা মোম্‌বত্তি
মুশি-মুশি ডাল্লমই
ডাল্লমই মদোম পীক্না।
অমা অনি থাহুনা
ঐগী পুনশি লোইখিনথিনি
কনাম্নু থওদনা ঐগী পুনশি

# শেংদোক্রবা পুনশি

পীমু এঙোন্দা পীমু—
অহানবা চেকোংগী অহৌবা লমায়দা
অহানবা কসম-দা : অহানবা অহৌবা অরোইবা।
ঙস্মোই! তোক্রোই কৈদৌমুংদা;
মহাক্কী মুংশিবা
কৈদৌঙৈদস্ন লোয়রোই নঙগী প্রতিভা
অহৌবা থবক, অরোইবা থবক।
মতম খুদিং লেপ্লরোই মৈঙাললা লাইরেকপা;
থম্মোয়গী ডেকোরেশন্
শুদোক্পা চামথোক্পা।
ছৌপ্রবা লম্বী, মাঙপ্রবা কোংমুং
নিংথৌগী মকোক, থৌশাবীত্রবা
লম্বীগী চাক্লিবা;
শিগদোরিবা লম্বী,
ময়াং কংলবা শামোক,
পূম্নমক য়েক্কনি মৈঙাললা।
ঈশিংগী ঈয়াইদা ইরাক্লরবা
কংহনগনি মথোয়দা অরোইবা
অরাবগী অরোইবা।
সংসারগী কলা, কজবা অথীবা
চিতাগী মৈথুদা অনৌবা লম্বীদা
কৈদৌঙৈ কলা!
কবিগী কমদোনা প্রতিভা?

খঙ্গোয়দি য়াওদ, চরিস্ন শিং
কদোমদগী মাইহেগী কিজেং চিনবান্দা !
অতিয়াগী মাইথোং শেংহল্লি হোৎনকনবা
মালংনা হোৎনবা
থাংকনবা হন্নবা থৌমাগা লোয়নব ।
মহুত্তনা পুরকনি মাইক ছুংভাই
নিঙবা থুংবা;
শরূগী হকচাংদা মীওই শাওংবু,
তাইবং মীতম মাংওইনা—
শেংদোক্লবা পুনশি
মতমগী কারখানাদা।

---

## ফজবগী ভাবুক্কি ঐখোয়

মফম খঙব্রবা পুনশি অসিদা
মফম অমদা 'মুকলেপ,
চত্তুনা অমুক অত্তোপ্পমদা—
থিরি য়েংলি মফমসিদা ঐখোয়
কোইনা ভাওনা চেল্লিবা—
ফজবগী ভাবুক্কি ঐখোয়।
পাম্লি খোইরাংলি. ফজবতবু থিরি,
কনানস্ম হয়া য়েংলমদে মক্,
লৈহোবা কদাইদা করি ?
য়েংলমদে করি পোৎশক চিথহৌই !
মতুগী মহুত্তা চৎখী চুমজিং ঐখোয় !

# ভবাদাস শক্ত অমা

মমল লেপসিরা
মমল লৈত্রবা মীওইবা ?
ওলি নংগীদমক্তা পুরক্লিবনি
—প্রজেন্টেসন্ !
করিস্ম লৈতে; করিস্ম য়াওদে;
মমল লৈতে; ভেল্যু য়াওদে;
খঙগনি কনানা ?
নংনা পেন্দবস্ম য়াই।
কৈদৌঔ করম্বা মতমদা
কলাকার অমা ওইনা
ঈশৈ অমা শক্নুনা
রাগ অমা ওংহুনা
তাল অমা থাহুনা
কলাকার অমা ওইগবা ?
মরমদি করিস্ম লৈতে—ঐগীদি।
শেগায়রবা ফিজেৎ, নিংথায়রবা য়ুম
মতমগী মোংশোংদা কেহু লোংলিবা,
শক্লগী হক্চাং,
চানবা লৈত্রবা
মীনা থঙবিত্রবা স্থর,

অকাইবা অতোইবা……

পূন্নমক………পূন্নমক !

করিগীদমক্তা ঐনা নঙবু খল্লুবা— ।

মতিক চাদবনা ঐহাক্কি

মুংঙাইবা অন্নাবা পূন্নমক অমত্তদা ।

নংনদি কলাকারতমক্ হায়ঃ

কলাবুদি কৈদৌনুংদস্ু মশক খঙদে;

ঈশৈগী সুরত্তমক্ খঙজনা

নংগীদমক্তা তন্নবা ঐগী খুগোলবু লৎনবা ?

কলাকার অমা ওইগে খল্লুবা

নঙবু মুংশিরুবা মরমতনা

অরা-অনং, লৈত-লায়র

করিশু লৈখিদে, খঙখিদে—

থরায়বু নুংশিবা হায়জনা

ঈশৈ অমা,

তাল অমা,

অমগা 'মগা চুশিন্নদে।

হিন্নবা অমা কায়নবা অমা

লোক্তবা নত্তে ।

নারবা মতমদা অন্নাবত্তমক খঙই—

মুংঙাইরবা মত্তমদা মুংঙাইবতমক খঙই—

ওন্ন-তৈন ঙাক্তা,

মখোয় অমত্তা তিন্নদে
মুংশিবা কায়নবা অরাবা মুংঙাইবা ?
কলাকার অমা ওন্ন-তৈনগনি,
মুরগী ইপোম মাঙখিগনি
রাগ' ঈথক নেমখিগনি— !
মন্ত্রনা যন্ত্রবু কাউদুনা
খুৎশেম্ন খুৎশেম্না তিন্নদ্রবা
কলাকারনা কলাবু কাউগনি
মাগী কলাবু— !

---

## লম্বী

পুনশিগী খোংচৎসে
করম্বা খোঙচৎনো ?
কনানমু উরুদে, কনানমু খঙজদে।
লম্বী সিদা চৎলি মীপুম তিংনা—
চৎখিবা লম্বী অদু'
কনানমু খঙদে করম্বা লম্বীনো ?
লম্বীসিদা থেংনৈ অরাবা
মসিদা থেংনৈ মুংঙাইবা
মুক্তিমু ফংখি মসিগী যাত্রিকশিংনা।

লম্বীসিদা চত্তুনা
ফনেথি অয়াম খুভম্
সাধু সন্ন্যাসি কয়ানা
চৎখিবা লম্বী অন্তু' খোংকাপ্নবা ওমদে
তাইবং মীওইবা ঐখোয়না।
চাওখৎপগী রায়বা লমজেলস্ত্র
চেল্লি রানা লম্বীসিদা
লমথুংকন্থু য়ৌনবা,
রাথলগী নম্বো পোন্থনা
পূন্নমক্তী মমাং থানবা
মপু মানা শেম্বিরম্বা
তাইবংপান্না চৎলিবা লম্বীনি;
চৎনরিবা লম্বী অন্তু'
খংদে কনানস্থ করম্বা লম্বীনো ?

# মাইথৌরবা লান্মী

নহাক্কী তোরৈ ইন্দুনা
নঙনা তাকপীবা লম্বীবু,
তাইবং লমশাং চংপদা
থুহ্নং ইনুগে হোৎনরুবা
পলেম্নস্থু নাউকোনবিদা
পম্বৌনস্থ শাইগোনুবিদা
খাঁউথক্কি শিঙ্গারৈগুম
মিংথিজবনা থল্লবা অয়ুকসিদা
নাইতোম চন্নদা লৈহৌরে ।
ঐগী থম্মোইস্থু নংগীনি
নংগী থম্মোইস্থু ঐগীনি —
নংবু কদাইদনো কদাইদনো……
থম্মোই পী-না হংগে থল্লুই
হংগে নংনা হং'ঙম্লমদে
ইদোম কপচবা থম্মোইনা
নং থম্মোইস্থ ইপোম্নদ'
থম্মোই কাইনবগী মশক্তা
শেগায়রসস্থু লায়ুমশে ।
নংমা কাল্লু তাকপা খোংকাপ্তা
নাপা শেন্দানবা ঐহাক্না

তাইবং লমচং-চংপনা
মংগী য়াম্না ম-ওম্নান্
হেদো-হেয়াউ কাহ্না
শোয়রবা খোঙচং তম্বা
মাইতোম চম্লদা লৈহৌরে
নিংথৌজবনা থম্লবা অয়ুকসিদা
খাঙথক্কি শিঙ্গারৈগুম।
নহাক্কী পাউতাকস্তু তারি;
মচা মনাইদা মুংশিবা
প্রেমিক ওইনা মুংশিবা ......
নহাক্কী পাউতাক তারি।
মুংশিবগী লংলা অসি
তৎলহনবা ওম্লোই কৈদৌমুংদা
নৌর-নৌর' চম্লখিনি
লির-লির মুংশিরকখিনি;
মুংগুম্বা থম্মোইস্তু ওইসমু।
হম্থনা য়েংবা ওম্বা
চাওথোক্লবা মাস্তু ওইসমু!
লৈরাং লৈনম্মা চাইরবা
মালংবগী জগোইনা থম্লবা
অহাংবা নোংদোনথক্তস্তু
মৌহ্নবা লৈরবা অয়ুকসিদা।

চেম্মাখনি মদোম লাইজ ওই
মুংশিনবগী পাক্ল' সমুদ্রদা।
তাইবংগী মুংশি কুম্মৈদি
ঐহাক্কি ওইরি মফমদিদা।
থম্মোইগী লোম্হোক্তবা
মুংশিবগী কুম্মৈদি
উ'বা কাওবা ঙমদে মিৎনা
শেংলবা থম্মোইগী আদর্শদো
মপা লৈত্রবা ঐগী অভিনয়সি
খংঙ চন্নরোই কৈদৌঙুংদা।
অরেম্বা শাথেক্কি কুম্মৈসে
পুনশিগী লিলা ফিজংবু
থাদহনা থমহন্দ্রিবা কাওবদি
তাংলবা শাথেক্তো থম্মোইগী
ফংলরোই মপোকসিগী
নাটকার মহাকবি খাইদগী অহেন্বদি
অমৃত ওইনা মাগী নাটকপু
নাটকস্থান্ অসিদা
শান্নবা হোৎনজে ঐহাক্না।
পুক্নিংগা মিৎয়েংগদি তিম্নদা
মপুং ফাখিদে কৈদৌঙুংদা
হোৎনজমন্ ফংখিদে।

পিরোয়নবগী থম্মোইগী সুর'
অরেম্বদা শন্দোকখি মালংদা
মাগী মকাদি য়ৌদনা।
পাল্লবা তাইবং রাকোংলম্
অশি অচং' লানকমসিদা
মাইথীরবা লান্মী অমত্তং
তুম্মিন্ তুম্থনা লৈহৌই
মাইওন্দুনা চেন্দনা
লানৃকমগী খমগোন্না
নাহে নাওশুম্নহনা।

## মিৎয়েং অমা

হৌখীবা অয়ুক্তু
চৎখরে
অমম্বুং সংসার অসিদা
শকখংদব অমা ওইরিবা খৈনা
মখোয়গী নিয়ম অচু।
কাইহন্খরে!
কনাদা?
পুনশিনি মসেঃ
পোম্জরিবা,

থম্বালদন্থু মিংচানখয়ে
মীহাৎপা মীওইবগী
নোংলৈনা;
অতুদগী, অয়ুক্
মুংশিবা —
তাইবং অসিদা মুংশিবা
অমতন্থু লৈতেনা ?
শিবা নত্রগা হিংবগী
থুবাক্তা
পাংথোকপা নত্রগা শিবা ······
মন্ত্র অতুনি মসে
মতুনি লল্ অদো
অশেংবা মরন্
মথোয় মশামক্তী।



# অমম্বদা

মিলিয়ন চহি লিশিং অহুমগী
লিয়ে হায়বা পৃথিবীসিদা গুপ্নগী
অমতমক, অমথক্তনি লৌজহৌয়িবদি !
থোইনা হেয়া মক্লি পুনশিদি ।
লৈয়োল অসিদা য়ানা শেমগৎলক্লবা
চাক্লি অয়া মৈচাক শারবা ।
পুনশিসিদা 'নঙ,' 'ঐ'গী য়াথোকসি
লোইখিয়োই মুংশি হৈত্তবগী থোদোকশিংসি ।
তরু-তরুবা অতিয়াদা পাইবা
লোংতুম মপৈচু অক্নিবা কংলবা
হায়হল্লি উবদা ফজেদা নিংথিজেদা ।
শেম্বিবা মপু মাগী খুৎশেমদা
ফজবগী ঈপাক্তা ইয়াক্লয়বা তাইবংনদি
খঙহৌদে মাগী মাহুথবা শেন্দোংবুদি ।।

---

# কায়নবনা কোবা

রাখলনা

খরায় হুকচাংবু
খল্লি মীতোপ্ ওয়না।

মীওইবা

মাগী শায়োন্দুং
ইপাক্ মই অরুংবা।

থম্মোয়দা —

অরেপ্পাদি লৈতে
মুংশিবগী সংসারদা।

মহারা, পুক্লিংগী

থোজালবু হাংতুনা
শান্নহল্লি নিং-তম্মা।

পুন্নমক

মহৌশা খুংশেমগী
পোথোক্লি লোইনমক।

মুংশিবদি

করিস্থু নত্তে
সুপ্নগী তৌশিন্নবগী শক্লোন অমতনি!

মুংঙাইবদি

তিন্নবনা ওইহল্লি
কায়নবগী মৈলাদা।

অয়ুক্কী মনিমুক্তা—

# লৈপল্লবা পুকচেল

নঙগী মায়াগী লৈপুন্দগী
নাম্বোকচরগে ঐ মতমচুপ্পগী।
মেংলবা রাগীনি কাউরে,
পাম্‌ব্রে, তানিংব্রে, ওক্লে;
নুপুরগী ঝন্‌-ঝন্‌ নিন্‌বা
সেহনায়্‌গী খোঞ্জেল মিরবা;
চাক্লবা মরুভূমি লাল্লবস্থ—
থম্মোইদা পোক্তে মিহৌবস্থ
জলতরঙ্গী মুংশিবা শুম্নাৎপা!
মায়া মরিচিকানা শুম্নাৎপা!
করিগুম্বা অমা থাক্লরোই
মুংশিবস্থ করি'মা নিররোই,
লেপপ্রবা থম্মোইগী পল্লেপ্‌কম
মাঙহন্‌বা ঙম্লরোই পন্থুংকম।
পামজবা নহাককী তাইবং
থাপথ্রে ঙসি থম্মোইদগী তাইবং'
জিবগী থম্মোই শুম্নাৎপা
শিনি খঙনা শৈশক্‌পা!
খৌরাংলমই কোকঙমদনা লৈহিতবু,
থাদোক্‌পা ঙম্লমদে অপাম্ববু।

(ঙসিদি) পম্থুং পল্লেপ' লৈতবা
মৈরাম্বিজম্ মৈরী উবদা ঙাওবা,
মুংশি লাইজ ইরোম্নুংদা
ইরোয়নিংঙ্গ্রে অমুক অমম্বদা।
অর্থনা থল্লবা মিৎয়েংগী পংথৈনা
পল্‌হল্লবোয় অমুক জ্ঞান্ লৈতনা।
পামজদে অথোৎপা, মুংঙাইবসু
মতমগী ঈথক্তা তাউবসু
কঙাওনরবা পুনশি চিরেন্নুগী
ওইরম্বা হিরোই পুনশিগী
গোঙ্গ্রগে ইদোম ঈপাকসিদা
তাল্লিবা পামজবা পম্থুংদা।
থাদোকপা নঙ্গে নিংবা কায়না
থাদোক্লবনি থম্মোইনা।
নুংগুম কল্লবা থম্মোই —
পুনশিচুনা নঙগী কাম্নরোই।
ওম্মোক্লবা ইমায় অসি,
উহল্লমু মিহৌবগী লাংসি?
মরমদি লেপ্পবনি পুকচেলসি।

---

# অঙ্গোইবা

ওংলি খোইমুনা মুরুম-মুরুম
খোইমুনা মুরুম-মুরুম
শোন্দুনা হায়রি —
'লোইশিল্লো নহাক্কী অভিসার্,
নংগী অভিসার;
লোইশিল্লো হৌজিকসু
লোইশিল্লো লোইশিল্লো।'
মালংবনা উরু-উরু হুমহুনা
লাওনা খোংলি
খোংলি লাওরি,
'কৈদৌঙৈনো লোইগদবা
লোইগদববু কৈদৌঙৈনো
কৈদৌঙৈনো লোইগদবা,'।
হৌজিকসু লোইগদবা য়াৎলিবা
লোইগদবা য়াৎলিবা
লোইশিল্লো লোইশিল্লো;
কৈদৌঙৈনো লোইগদবা ?

---

## ১৯৬৯

লেপ্পবা পুকচেলঃ এপ্রিল ১; নোংথাংঃ আগষ্ট ১০; অরোইবা মিকুপঃ ওক্টোবর ২৪; ইরৈপাকঃ নবেম্বর ৩; মঙফাওনবাঃ নবেম্বর ৩; কায়নবাঃ ডিসেম্বর ১০; কচ্চবাঃ ডিসেম্বর ২৪; অপোকপাঃ ডিসেম্বর ২৪; নওগীনিনে ইমাঃ ডিসেম্বর ২৫; মতম'সিদাঃ ডিসেম্বর ২৫; লামকমদঃ ডিসেম্বর ২৫; ফংহনবীয়ুঃ ডিসেম্বর ২৬; নশাইগোন্দঃ ডিসেম্বর ২৬; অশাওবাঃ ডিসেম্বর ২৬; পীবিয়ুঃ ডিসেম্বর ৩১; ঐখোয়গী মঙঃ ডিসেম্বর ৩১।

## ১৯৭০

শাগৎপীয়ু মপুং কানাঃ জানুয়ারী ১; মঙাল অহুমঃ জানুয়ারী ১; তাকপীয়ু লম্বী অহুঃ জানুয়ারী ২; নওতমক লৈবীয়ুঃ জানুয়ারী ৩; খেন্নবা অহু তাকপীয়ুঃ জানুয়ারী ৩; পূন্নমক্কগী অহেনবাঃ জানুয়ারী ৩; য়োরবদা পন্থংকমঃ জনুয়ারী ৫; লম্বীঃ জানুয়ারী ১৩; কজবগী ভাবুকনি ঐখোয়ঃ এপ্রিল ১০; মীৎয়েং অমাঃ এপ্রিল ১৫; মায়থারবা লান্মীঃ মে ৫; হিংলিবা লম্বীঃ ওক্তোবর ২৬; অরোইবাঃ ডিসেম্বর ১৪, সমাজগী পুনশিঃ ডিসেম্বর ১৬; অমম্বদাঃ ডিসেম্বর ২৭; তবলাদা শরু অমাঃ ডিসেম্বর ২৭।

## ১৯৭১

শেংদোকলবা পুনশিঃ মে ৮; কায়নবনা কোবাঃ মে ৯; নহাক্কা ওইহল্লু মতমচুপ্পাঃ মে ৯।

